ফোংদোকপী :—

কুমারী সনসম বীতা দেবী, সিংজমৈ।




অনিশুবা [illegible]ুনম
জুন ১৯[illegible]২।

কোপী মশিং ৫০০।

স্বত্ব পুন্বা অইবগীনি।

লাইরিক নম্ফম— সোল প্রেস, সিংজমৈ।

# অইবনা হায়জবা

মালেমগী সাহিত্য জগৎতা লেংত্রবা মিংচৎকী উরোং খিন-লবা "ইলিয়দ অমদি ওদিসি" মমিং অনিমক উত্রবা গ্রীক লৈপাক্তা লৈরম্বা হোমার কৌবা মুপা অমনা ইরম্বনি। হোমার গ্রীককি থাইনাগী সহর "থিবিস" কোম্নুংগী মখোংদা মুংতি মুমিৎ থুদিংগী ফমদুনা ঈশৈ শক্তুনা অচৎ অওকশিংদগী ভিক্ষা নিবনা মহাক্কী চিংনবগী লম্বীনি। মহাক্না মহাক্কী নিংথিবা খোন্থে কী শুরলয় ভাম্বাদা অমদি ফজবা রাবৈগী পরিংদা মতমগুগী অকল অথৌশিংগী মতিক মগুন কয়াবু শৈশাদুনা শকপনা অতাবা মীওই কয়াগী পুক্নিং চিংশিনবা গুয়াম্বা ভাবদা মুংঙাইহনখি। মতৌ অম্মুমা হোমারনা অকল অথৌশিংগী মতিক মগুনবু রারীগী পরিং অমদা শেমগৎখি অমদি গ্রীককি লোন্দা মপা লৈতনা ফজরবা লাইরিক "ইলিয়দ অমদি ওদিসি" ওইখি।

অহুগুমদুনা মনিপুরগী থম্বা খোইবীগী শৈশক অসিম্নু লাই-রিক ওইনা লৈরম্বা নত্তে চৈজিং লেম্বশিংগী চিম্বাল তোরৈশিংদতা লৈরম্বনি, মখোয়না অমুম অমুম শক্তুনা লাকপনি। শৈশক অসিবু শকপা হেক হোদোকখিবদি চৈজিংলেম্বা ওজা চনম্বা পেনা খোংবনি। হায়নবা লৈ মনিপুরেশ্বর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি K.C.S.I. না জিলা দরবার লেংবা মতমদা মতম থয়া জিলাদা ফাইদুনা লৈখি, মতম অদুদা মহারাজ সনা পুক্নিং য়াম্না ওল্লাংখি মথল মথেলগী কুমৈ কয়া। ভোহুনম্নু মহারাজগী সনা পুক্নিং চংথবা ওমখিদে। মমৈদা চনম্বা পেনা খোংবনা ভসিগী মনিপুরদা ফাওরবা থম্বা খোইবীগী রারীবু পেনা চৈজিংদা পান্দুনা শকখি।

খম্বা থোইবীগী প্রেমিক প্রেমিকাগী রস অমদি পেনা চৈজিং-লেম্বা ওজাগী ফজবা লোলগী লৈথেৎ অমদি সুংশিবা খোম্থোক্লা শ্রীযুৎকী ওল্লাংলব পুক্নিংবু ইংখহনখি। মতুংদা পেনা শকপা হায়বা কলাগী স্ফুল্লিং অমা ওইনা লৈগ্রে।

স্বর্গীয় শ্রী হিজম অঙাংহল সিংহ "সাহিত্য রত্ন" না "খম্বা থোইবী শৈরেং" হায়না লাইরিক ওইনা পুথোকপিরম্মে। লাইরিক অসিগী মথক্তা ঐনা অমুক্তা থিজিন খোমজিল্লহনা "লৈতেং শৈথারোল" হায়না কোৌবা লাইরিক অসি পুথোকচৈ। চন্দক্তী অসিনা অনিশুব' থুৎনমনি। শৈথারোল থবা অসিনা লোইবা নত্তে, খম্ব থোইবীগী শৈথারোলগী অচৌবা সাহিত্যগী ভাণ্ডারবু ঐগুম্বনা লোইনা পুথোকপা ঙম্বগী ইত্তিক নত্তে পেনা শকপা ওজাশিংগী চিম্বালদা ওম্ব'ক্লা য়াম্না লৈগ্রবনি।

লাইরিক অসি ইবদা তাম্নজখিবা ওজাশিং—

১। ওজা নিংথোউজম ৺ মেরা ( তুঙ্গোই মেরা )

২। „ উয়ান ৺ ইবোমচা —উয়'ন।

৩। অঙো'ম খোংনাং ( রাংড় খোংনাং ) —রাংড়।

৪। চোংথাম তোমচা —শিংজমৈ রাংমা।

৫। সাইখোম অচৌ সিংহ —শিংজমৈ লৈশাংখেম লৈকাই।

৬। খুম্বোংময়ুম মঙ্গী সিংহ —শিংজমৈ রাংমা।

মমৈগী লৈ ময়ামগী, হৈ ময়ামগী শৈথাবাসিদি ঐগী রামায়ন শৈরেংদগী লৌথোকচবনি।

তাং ১০।৬।৮২ ইং, ইরাই। —নিংথোউজম ইবোবী।

# অফোংবগী ৱারোল

ঐগী মাম নিংঙোম্বম ইবোবী সিংহগী শম্নপ্পা পুন্সিগী ৱারী :—

ইং কুমজা ১৯২১ গী এপ্রিল তাং ১৩গী য়ুমশকৈশা নুমিৎতা শ্রীনিংঙোম্বম ইবোবী সিংহ শিংজমৈ মখা ওক্রম লৈ-কাইদা পোকই। অপোকপগী মমিং তোমপিশক সিংহ, অপোক-পীগী মিংনা থোংঙাম চম্বু অথোইবী দেবী কৌই। শ্রীসিংহ মতোমগতা পোকই, অৱাবদি মশাগী চহি ৩ শুরকপদা লাই থোক্লুনা ওই থংবা মিং উথিদরে। লাইৱিক তম্বা হৌবনা মশাগী চহি ৬ তগী নাওরেম লৈকাই এল, পি, স্কুলদা হৌখি। মতুংদা নিউ হায়স্কুল (হৌজিকী চুড়াচান্দ হায়স্কুল) দা ক্লাস VIII ফাওবা তমখি। মতুংদা ১৯৪৭ দা থুম্রাকপম এম, ই, স্কুলদা ওজা ওইখি। মথৈদা ১৯৫২ দা ওইনাম থিঙেল এল, পি, স্কুলগী হেড পণ্ডিত ওইখি, মথংদা স্কুল অসি জে, বি, স্কুল ওইরবদা মহাক্না হেড মাষ্টর ওইখি। ইং কুমজা ১৯৭৫ দা মিং উথিদদুনা স্কুলদগী পেংথাখি। শ্রীসিংহ অঙাং ওইরিঙৈদগী থিয়েটরবু পামজবনা মশাগী চহি ১৭ শুবদগী থিয়েটর য়াওখি।

## শ্রীসিংহগী থোইদোকপা থবা

১। ওজা ওইরিঙৈগী পুন্সিদা ষ্টেট এৱার্ড ফংখি। চিফ কমি-সনার ৱাইনাগী মতমদা চিঙ্গ্রেন-ডে-দা মনা ফংখি।

২। সোসিয়েল ৱার্ক:— এল, পি, ওজাশিংগী অচৌবা সংস্থাল পি. টি, এ, (প্রাইমারি টিচর এসোসিয়েসন) গী জেঃ সেঃ অনিরক ওইখি।

৩। মণিপুর পুম্বগী সরকারগী কর্ম্মচারিশিংগী অমত্তা ভাইরবা সংস্তান এ, এম, জি, ই, ও, গী অহানবা প্রসিদেন্ট ওইখি।

৪। নহারোল সাহিত্য সভাগী ভাইস প্রেসিদেন্ট ওইখি।

৫। আইদিয়েল ব্লাইন স্কুলগী ভাইস প্রসিদেন্ট ওইখি।

৬। ষ্টেট কালা একাডেমি দিমাগু কমিটিগী মেম্বর, চৌং-তম লুপতিন কমিটিগী মেম্বর ওইরম্মী।

৭। ফেলিসিটেসন প্রাইজ ফংখি, এম, পি, সি, সি, প্রেসিডেণ্টনা পীবা।

৮। সাহিত্য বিশ্বরদ—মৈতৈ ময়েক খিজিনবা কাংলুপ্না শিনবা ফংসন কলাকার সম্মিলন্দা শিক্ষা মন্ত্রিনা পীবা।

৯। সাহিত্য ভুষণ— ( মণিপুর সাহিত্য পরিষতকী উপাধি )

শ্রীসিংহনা মিং উরিবৈদা কোংখিবা লাইরিকশিং—মহাভারত, রামায়নচিংবা লাইরিক ১১ নি মিং উত্রবা মতুংদা রেডিও ড্রমা ১২ ইখরে। ড্রমাশিংডুগী মতুংদা ৬ তি ফোংলে। হৌজিক এরাক্লা ফোংজরিবা "লৈতেং শৈথারোল" কৌবা লাইরিক অসি অনিশুবা খুনমনি। এগী মাগা অসিগী মতেং পাংজবা ওইনা পুথোকচবা খুনম্মি।

ফোংজরিবী:—

শ্রীসনসম বীতা দেবী।

শিংজমৈ মখা সনসম লৈকাই।

# লৈতেং শৈথারোল

## অহানবা পন্দুপ

# পুনেম শৈরোল

### মণিপুর

মণিপুর সনা লৈমরোল,
চীংনা কোইনা পনশাবা,
চীংমীনা কোইনা পনডাকপা।
সনানা ময়ুং কারগা,
লুপানা মকেল ওইব লম,
মণিনা ক্ষিক্রিল লোনগুব্বা।
মণিপুর কৌবা লমনুংশি,
চীংবুরোই-তম্বুরোই পাল্লিবা,
চীংদ চীংমীনা ইথন থন,
তমদা তম্মীনা ইচোন চোন।

ঋৈন য়াংকোক মওংগুম
নোংপোক ভারত লমডাম্নাই
চোম্ন-ক্ষজবা লৈবাকনি।
পোইরৈ নোংপোক চীংয়া দা
নোংমাই চীংশাং চীংথক্তা
চীংডু শিবনা ডানবিরি।
হাওরৈ খানা শাংব লম
যমগী লাংওন চংখোনবা
য়াংত্রেন্না পংথৈ ডাকপা লম
অরাং কৌক্রু অশুপ্পা
লোইনাই থুন্দ অহা-বা
চারিক মপান খিল্লিবা
নোংথৈ মউ লিংবলম
কৌক্রুনা থুন্দা শেম্ব লম
খাগা য়াংগা শাংব লম
তুশাং শিংনা থুন্দারি।
কেগে লোক্তাক য়ানফুরেন
মোইরাং লোক্তাক ইরেনবুং
য়েনানা শৌদি শাব লম।
কম্বোং হাওনা মনানা,
নোম্না জগেই শাংনা
নোংমদোন তেমশিং-নরিদো।

কেগে লাইজ ভিগারম
মোইরাং শন্দেন ইরাইকোন
লোক্তাক মিংশেন ওইব লম।
মোইরাং থাংজিং চীংজাওনা
চীংয়া থৈবোং উনাম তাম
ফিশাং হেনবী মণিপুর।
কংলা মেনগী মেনথক্তা
নো দ্রেন লাইরেন পাখংবা
মৈতোন য়াদা চিক্তুনা
পোইরৈ কংলা কোনবিরি।

পুরেম্বা—

মোইরাংগী পুরেম্বা তোর্বুং কৈরেন মাপন ফাবা,
মপু মোইরাং নিংথৌগী সনা য়েৎথাং থৌগনবা
মোইরাং তাংবন লোই ফমথোন মাপন কাবা,
কেগে পুরেনবা মোইরাং ঙাইখোম্বা
নোংয়াই চাখাঙম্বা থুমন পারেন হোংবা।

ঙাংখরৈমা—

ঙাংখরৈমা য়ুরেল তোমপোকপী
পোইদিং ( চরোৎ ) লমমিৎ চুম্বী।

থম্বা—

ইখম থমলে থম্বা পারেম্বগী মশু
পুরেম্বগী মচা ঙাংখলৈমা মহুংয়াই

থমনুগীদি মৌপুরা মদোম পোকয়ে
থুমন ভোমপোক, য়ুরেনজম অথৌবা।

ফৈরোইজাম্বা—

ফৈরোইজাম্বা থুজুপ চৈময়াং
ফৈনা পি, ফৈনা লোই
মমিং ফৈরোইজাম্বা কৌএ।

থমনু—

থুরাই রায়রমলকপা চম্ু;
মোইরাং কৈড়বী নিংঙোন
কোনগী সনা পোনশেনবী
নিংথম চংবী হৈকনবী
পিকনা উল নংজবী থমনু।
শাবন্দা হোৌবা হুইক্রুগুম
মুরা ভেংমশাৎনরবী।

মোইরাং নিংথৌ—

লাইজিংথু কেগে নিংথৌ পুরিৎলাই
মোইরাং নিংথৌ লৈকোই মপুরেল।

মথং থনবা—

চিংথু উরা ভেলহৈবা য়াংবা মহা পাঙ্গুম্বা
মোইরাংগী মথংথনবা চিংথুবা।

চাওবা—

লুদগী ঙানপলু, থাওদগী ঙবোংথাও,

কংলা লুথুম তোইরগা
শেল চংবা ৎোংথোনবা,
মরৌশিংনা ফম্নাইবা,
পেকলো নোংথোনবা
পিকশিল্লো চাওবা
চিংজিল ঈথোং ফাংকনবা
লৌরোম্নবনিঙাই চাওবা
লৌখাফাক লৌচিনতুম
মপু শিবা লৌনি,
যোল্লবদি এ্রঙোন্দা তাক্লকউ।
এ্রগী মী ওইগ্রগা ফবা
মীগী মী ওইরগা মকুনা যুবা,
কেগে চাওবা নোংথোনবা।

## নোংবান—

মোইরাং নোংবান কোংয়াম্বা
অঙোপানবা মপারী
কাইর তোপথা য়েনগুম্বা
কুমজিন ইহুন লৈগুম্বা
লৈক্রক লৈয়ারেন চম্নু
খুড়াই লৈমগীদি মপারী,
মবেম্না অঙোম শিজনি

কুপত্রেং শেন্ত্রেং ময়ুম্নাক
অঙৌপানবা · নোংবান ।

থোংলেন—

কাকয়েন শুজা অথৌবা
থুমন্দা লাল্লোই ঙমখৈ লাকপা,
মোইরাং পাওরোই হঞ্জবা,
শাদা লানদা-থৌবা
থৈরেল চিঙ্গৌনবা থোংলেন,
রাংখৈরাকপা অথৌবা
কেগেদা থাংশু হৈবা ।

থাংজিং—

মরম লমলেন মদাইমা—
হায়নরিবা লমদমনি
শোন্নরিবা মাইকৈনি
কেগেনা চাওবা লমদমনি
মোইরাংনা শাংবা মাইকৈনি ।
শকপদা লোইবা লৈতবা
থাবদা লোইবা নাইদবা—
লোক্তাকনা সুংশেল ওইতুনা
থাংজিংনা উফম ওইরিবা
থাঙ্গ চিংলেন নিংথৌনা
শায়াগী মথুম ওইবিরে ।

ইমুংবা লোক্তাক ৱাংফুরেন
কোরেক তরেৎ ঈশোক লম
নাদ মাপন ঈথারম
থমং খোং লৈকং খোং
কেগে হাওতক তকখোং
কেগে খোংশা তরেৎনি
মোইরাং খোংলম মাপন্নি৹
ঙাংখলৈমা পুনম শোই
শরেং পোশান নিংথৌনা
খোংনা কারে থমংখোং
চোংনা কুমলে থম্রংপাৎ
কাংপোকপী তুৱেনদা
উ-থম্বাল নমঙানৈ
পালোই তাম্বা লাইনিংথৌ।
কেগে থাংজিং কোইরেল লাই
মশানা শাবন য়াংবীনি
থাংজিং তুবিক অমনা
অহিংগী তনদন ওইরিবা
মিস্না থম্বান অনিনা
ইমুংবা লাম্মৈ থানবিনা
ময়াদা মৈবুন চিক্তুনা
নোংদোন্দে মপাম বুমগুমী।

থাংজিং য়াথক য়াখানা
শঙাইশেল ওইবা লাইনিংথৌ।
মুংবি শিদবা ভরেৎতা
খুনেৎনবা লাইনিংথৌ
খোংনাং নাদবা মাপনদা
খুদানবা মপুনি,
সনা ঙাতেন হিংভনৈ
লুপা ঙানোই খুদানৈ
শেনগী থুরুম ত্তোংত্নন।
লোক্তাক পৌয়াই খাইবদা
খুদোন লৈরিক চোৎভবা
থাংজিং কোলু য়াইফবা।

কোয়রেংলৈমা—

খুগা চংবী লৈতানপোক
কাংগ্‌ লৈহাও পোকপীলম,
থাংমৈ মাপন থান্দুনা
ঝা ঙাল্লিবা লমদমদৈ
য়াংলৌ মদোম হৌরকপী
কোইরেল লৈমা মিঙোবী
থাংজিং তালোক য়াইফবী।

সেনু—

অরাং হুইদি তুবোনবী
তখেন খুনু খোংজোম্বী

কুমগা হঙোই মিৎতুবী
য়েম্নখাদা পাওদাবী
সাইজিন্দবু পোল্লিবী
লৈমরক্তা খোংজোম্বী সেম্নু।

মোইরাং—

কেগে খুঞ্জিন নিপান্নি
মোইরাং লৈকাই মাপন্নি,
খুঙ্গং তরানিথোইনি
মোইরাং লায়াৎ মাপন্নি।
মোইরাং কাশুং তরাদা
চাওগা-চাওই মথক্তা
থাংজিং চীংশা নাপোমদা
হোগাইদুনা তাবনি।
লোক্তাক খারা শারগা
মোবি ফোপচং হাদুনা
থুন্দারিবা মোইরাংনি।
মযুম মোইরাং ঙাংথর্মগী
কনা থৌরৈতবনা শম্ন খোংনা কুমদুনা
খাম্বী মৈরোনবর্নি, পোইরৈতাবু থিবনা
রাঙম হাইদোন লোম্বনা
কেগে মোইরাং মকোই।

ইকোপ—

নোংয়াই শংলো চীং, খুমন মোম্থার্থেল

থৌবাল মোইজা চীং, হাওবা ঈখোমপাল
নোংপোক সনা থুম্বী চীং, লাইখম চীং মতোন,
কাংগ্ লৈতানপোক শত্থপোক
লাইফাওবী কা'চিন, ইরোং লৈমা উমং
লাইদগোন অপানশোই পম্বী ঙাখা পাৎ,
ঙান্ন পাৎ, সনা পাৎ, লালোই লফুইকুমদম সোই,
লমলেন ইকোপ লাইপন সোই,
ঙৌবিয়া তুথুপ নাহুৎ অপান শোই,
লিহ্লা পাৎকী লমদম
লিন্দুখোংগী মাইগৈনি !

তোবু'ং—

হাওমু খোন্দেন লৌঙাকফম,
মোইরাং লৈথা চরং লৌ
তোবু'ং কাক্তা লমদুংশি।

খোইরেন্তাক—

খোইরেন্তাক্কী পন্নুং হাওংরোক্কী লোকমাং
কাইমরে'ক্কী তমথরকপা
মোইরাং খোইবুরোক্কী মাইকৈ,
তেরা উচান পোকপী লম, পুলৈনা নাপুং ফাব লম,
চীংগী মনাওংতোন তমগী ময়াম্বা,
পুজরো অশোংবা চাজরো অয়াংবা
য়াইপন্না থুমু ফাবা লম, মোইরাং খোইরেন্তাক্কী লম।

লোক্তাক—

লোক্তাক ইশা মাপল ফাংবা লম,
তাকমু ইথিংকোন খোইয়োল ঙৌবী
মশোইমাং, কেগে শেন্দ্রা লমমনুংশি,
ঙারমপাৎকী লমদম য়ুরান পান্দোনগী
মাইকৈ, থাঙচীংনিংথৌ
য়াওশুরাকপা খৌদেমচীং করাং তাওথরকপগী
মচীংজিন, কেগে খোর্দ্রাক লমমনুংশি।

কংলা—

কেগে কংলা মপুংয়াই
মোইরাং চৈরাপ রায়েনফম
কেগে কুচু থৌদাফম
কংলা উত্রা শঙলাং মৈ।

লৈমরোন তরেৎ—

১। শম্মুরৈমা নামোইনু,
২। কিয়াং লিকফাং শিবী,
৩। মোংফুরৈমা,
৪। মীতৈ নু,
৫। শ্রিকোংয়াংশু,
৬। চোইনৌ সনা লেংঙদাং কবী,
৭। থাগা রাগা চাওবী।

অথমবী মোইরাং লৈমরোন তরেৎ।

কবো—

চেপী য়াকোন ইমুং য়াংবী খোং,
চকপী লাইদগোন অচনবা
ঈরুম নিংথৌনা কোনব লম।
কবো শেম্বী পদাংখেং
কবো শেমবী মীরৈপুং
অরা শেমবী মীরৈপাক
শেম্বী শরাং লাইনা কোনব লম
অরা ফুরা তরা লাইনা কোনব লম।

কাও—

মচু ঙাংই ঙাংবা কৌই
থৈনা পাম্না লোই, পামহৈবা,
নিংথিদা, ঙাংবা নিংথি পামহৈবা।
মরাইবক থম্বাল শানা তাংবা
ময়াংলেন কোরি চেনবা
মমৈনা চামলৌ উচানমনা শাবা,
মচি য়েৎলোম থংবনা সনা লোংখুম হুকপা
মচি ওইরোম থংবনা লুপা লোংখুম হুকপনি।

খোরী কৈথেল—

নোংথৌ মপু সোরারেল
পারী খোরী ফাবা লংথকম
মোইরাং থাংজিংনা ওকচকয়।

কেগে খোরা কৈথেল
মোইরাং চেগাই-পোকপী লমদম।

থম্বগী য়ুম-

কেগে চেংগৈ পাংলেনকোন
লাইদগোন মুংসেল্লীনা কোনবা,
নাই-লিনা ঙাকপলম,
লমজাও তোম্পোক যুমদোমপোক
তোইরেথেক কে ঙিম্নাই, ঙান্নুরম থেঙ্গ শাবা।
য়ানা শরে য়াপাইথোঙ
উন শার উপা থেঙ
পলুর যুমশঙ মানবা
থোইদিং লানা কুপ্পা শঙ
অযুক্তনা শংনা মনব,
মুমিদাংদনা ঙৌনা মনবা
নোংয়াই লাইর থাংপোকশঙ।

শিবা -

থাংঙাক অশিথেল মকুট মুংওন চীং,
য়াবনা ক্রে লাওব ফমাং চীং
মুরা চামা শিরগা শাবী চামা ঙাইন চীং
শাবী চামা শিরগা মুরা চামা ঙাইন চীং
থম্মুং লমদম খোঙ্গুমথ্রে।

শিরগে হায়বা —

থম্মুং শর্রা তান, অমংগী য়াইথোংকুম,

শজিক মতুং ইন, থবা মমৈ য়াই,
থাফম মৈখুখু লময়াই কাইদ থিন
অমংগী য়াইথোং কৃম্লগে।

নিংথৌ খুরুম্বা—

ঐবু লোইবা ইনিংথৌ
ননাইবু লোইবা লৈমাবা,
য়োল্লবা কাদা কনবিয়ু
লাল্লবা কাদা ঙাকপিয়ু
খুযা খাগী ননাই ন।
মালেম থক্তা উফুন্নি
মপু সনা খুয়া-খা
য়াংবী থক্তী য়াশাংগুম
ননাইনা পুনেমজরিদো।

খুরুম্মীবা নিপা :—

মপু সনা মাংদা খুরুখুদক লৈদা শন শা,
য়েৎলোম থংবা খুৎনা মপুদবু পুনেমলে
ওইরোম থংবা খুৎনা চিনবান খেলৈ খুমজরে
খোংফম অগুম চংশিল্লি খোংফম অনি হন্দোক্লে।
কোয়ৌ নোংমদোন তালৈদা শজিক্লা থোকুম্মী,
থবানা ঙানগুম্মী ফজৈদা খম্বা,
হুইন্ত্রে লীগুম পুমবুমনৈ
মালেম লৈমাই মথক্তা অঙোবা ফিশাংনা তাবগুম,

নাম্থবা লীগুম খোইখোইনা
লৈনা লানা তাদুনা, মপু সোয়োক য়াংদোদা
কোংয়াং রাশাং তাগুম্বা নোংয়াই মচা খম্বনা
লৈপক্লনা খুরুম্বা ফজৈ হায়দা লাইমা।

নিংথৌনা খুদোং ফানবা—
মপু ইবুংঙো সনা শঙ্গাই মাঙ্গোনদা
মমুং নিংথৌ শেনবা মচা,
থৌগল লাঙ্গন পুম্নমক্কা লোইননা
হিদাকপু সনা য়োম্বা তোংজৈ থাবুং শাবা
ঙান্থক তেংনৌ শাবদা টিকি ওমচাক্লদুনা
খুদোং চেপফাম্লবদি ফজৈদা লাইমা।

কংলাদা মী তিনবা—
লাকপা লাকপা ফম্নাইবা
ওকচিন লাকপা তোলোং খোম্বা,
য়াংঙু জাম্বা তেলহৈবা,
ঙাংঙৌ লাকপা, ঙাংখম লাকপা,
হাওনা কাপ্পা তেনকাপ্প,
পুংদোং নাইজা অথোবা,
চেংলৈ লাকপা পোংডু লৈখম চিনবা
সনা লৈখাম থেংপা, লোইন খমইন ফংবা
মোইবাংগী মীকোক চাত্রেৎ হুম্ফনা তিল্লে।

তুম্বা—
সনা কাংখমুং কাংথোন য়াইরি পাবম্থক

তোর্বুংগী খঙ্গোনবা
মতাংরোক্কী নামিবা।
মালংবা অনি চিল্লে কনৈ
খঙ্গোনবা অহুম চিন্দিন্নৈ,
খোইনৌ লংদি কদোমদা
লমলেন লম্মাংদোংলোমদা
মালং ঈচিক থেমলুগে।
খোইনৌ নংনা কদোমদা
লোক্তাক ঈশা থাংবদা
লাইক্ক ঈপাল লাংলুগে।
খোইনৌ নংনা কদোমদা
খোইরেন্তাক্কী লমদম,
খুমুজাম্বা মরুমথৈ,
কৈরেঙ্গাম্বা ময়াইলেন
তোর্বুং কাক্তা মচিন্দা
লৈনা লানা হুম্মুগ।
চৈংপংনা হুম্মগা
শক্র য়াংগেন ইলোন-লোন,
তমবু পাংনা হুম্মগা
খোইমোম লাংদোন ইনোম-নোম,
মৌবী তেকচাক ইখোই-খোই,
খোইরেন্তাক্তা কাক্তাই মুংশিৎ হুম্মকনে

**থম্বা থোইবী বাশক্লবা—**

কেগে তাকমা ইথিংকোন
খুয়োন ভৌবী মশোইমাং
খুমুজাম্বনা য়েন-পুং
লুরাং তোজা মখোংদা
রাশক পন্দোল পুক্লিং-লেপ
চুরা পাখং রাশকনৈ।

**খম্বগী লিংজেন শাহৌ—**

মরিং য়েম্ব খোংনেম্বা
মরাম য়েনদি ফৈজ ওবা
অঙাংবা য়েনদি পাওদাক য়েন
অমুবা লোইমোম ফোগৌ-য়েন
অঙৌবা য়েনদি ইরাৎ-য়েন,
সুমিৎ সনা পুরুম-য়েন।
খুরাই য়েনদি মৈবুংবা
রাংখৈ য়েনদি ফৈজাওবা,
চাংদম পুংদা থাদোক এ
কাওন পুংদা পুথোক এ
কে-ক্রে-ক্রেক খোংবদা
য়েনবা য়েনখোং মথোইজে।
য়েনসি লোকপা য়েনগুরা,
য়েনবা মানবা খমবা।

নোংবানগী লিংজেন শাহৌ—

কাইথ চৌংগী মচৈংশক
শত্থ য়াঙ্গেল মরক
হমক্রু নারোম্নুংড্রুদা
পান্ম থুপ্তুনা লৈবা-শা,
পান্ম খৎনা শোয়রগা
কৈবেল য়ানা হৈবা-শা,
কৈরেল য়ানা শোয়রগা
পন্ম খৎনা হৈবা-শা
পান্ম মানব নোংবান্নি।

লাগী মরম —

চংবী লাদি নিংথিবা
হাওবা লারাক তোনদাম্বা—
খোইমোম তিনখুন লৈতবা
লাতোন অমা থৎলুরে।

থমবনা চৎপা—

কেগে থারী লমজাওদা
মোইরাং থারী লমশাংদা
খম্বা কামজাও হুন্দুনা
নোংয়াই নোম্না লাকপদো
করি কম্না শিংথানি।
লৈপুং য়াগুম তনাপপা

থংজিং য়াগুম সোন্নাবা
কিয়াল য়াদি তাংজুমবা।
মতোল পূংবা য়াগম্না
চাইমা ফজৈ খঙতোন
কেগে মোইরাংনা কংকনৈ।

**থোইবীনা চৎপা—**

লাংলেন মজা ইবেম্মা
মনাই শেপুনা মাংদা-থা.
কেগে য়াংদৌ থক্তুদা
মপু মনাই থোকলকপা
ফজৈদা মজা ইবেম্মা।
কবো কদাং লাইরবী
মমোম শোংগ্রী লোঙাকপী
চেক্লা ওইনা শাইওনবী
পোম্বী ওইনা লাংওনবী।
চেক্লা মচিন তাবনা
তেংনৌ য়োৎকোন ঙমজবী
চেক্লা মচু য়েংলগা
কিগে লশং মানবা-চেক।
হা চেক্লা কনানো—
তেনরা কৌবী চেক্লানা
ম'লেম থক্তা চৎকুম্মী।

মীগী মচা অতংবী
লাইগী মচা অতকনৈ।
নোদ নোবী তনোবা,
অনোবা লৈগুম শকহেনবী
সনাগী উরিগুম ফজবী
শয়াম শাংপী কুণ্ডরৈ
মশা য়াম্বী শিঙ্গরৈ
শুম্মাংযাইদি য়ইবুবী
অপাময়াইবু পুরিবী
মুংশিবা লাল্লুপ কারিবী
ফজৈ হায়দা থোইবাদো।

থম্বগী ফিজোল—
মপু মনা ফীনি
খামেন চপ্পা কৈজোমনি,
মরাক্তা কাপ নিপান খুবাকনি
ময়ুংদা লমহুম থগাই।
থুমন তম্না শেল্লকপা
লেশোন ফুরিৎ শাইগকপা
শন্দ্রপ্পা কুদাম তরানিথোইনা
থবাক লুরেন ঙাম্থোইরি।
লিকনা লিকথাং শিরকপা
নিংথম-শা য়েন্নাও ফী
তুংদ কৌরপ থাদরে,

শাম্মু নাত্তোন মাল্লবা
পাম্বোম য়েৎক ওইগদা
সনাগী তাল হাপলকলে।
লেমলৈ ভারা ওম্বা খুজেংদা
সনা খুজী শিরকপা
ফজৈদকো খম্বাত্তোন।
নিংখমনে, শমজিম্নে
চারিনে লোইখমনে,
পজেনে কীয়াম্নে
উ'রকশেক নোংইনখোন
কাগু লৈখ:ম তরুকনে
পেক্রক কোখা শাবা
খদাংচেৎ লোইয়ামবা
ক্বাকলৈ মরি অঙোবা
খদাং চুমবুল লাকশিনবা।
ফিরাল নানবা মথক্তা
পজেং নানবা থোনবনি
পজেং নানবা মথক্তা
ফিরাল নানবা থোনবনি
নোংয়াই মচা খম্বদো।

**হিহোনবা—**

ৈহবা নৌদি তমকবা

তমক নৌদি খাইকবা
মরিং নৌদি তোনশাংবা
কাইদোই মাপম্না শাবা নৌ।
য়েংকী থুংনা লোংনা পাই,
ওইগী থুংনা উপনা পাই,
মাংগী লাইজ থাদিং কৌৎ
তুংলোম চরাং য়েনশম পৈ.
নাক্কী ঈরৈ .তম্লোৎ শা,
থুম্নু নৌখৎ তোইরকলে।

থোইবীগী মতৌ—

পেমা উরেং চাবুরোই
উরেং শয়াম্নকুগী।
মুক্তা পুবা চেককুম্বী
থুংনা নমডুনা কানিংবী।
চানিংবদি থম্মোই হৈ,
চিম্নিংবা য়োংথোল লৈগুম্বী।
নোংদোল কৈরাক থাডুনা
হেকচনিংবী ইরাংলোন।
মুরা হেকওমখিদেদো
যোইরাং পাখং মচানা
ঙাংনখিদো অদুগৈ।

খোইবীগী হৈজ্রাং—

চাকশং কাইবী তোনৌ থাং,
খোমদ্রেন্নুবী ফানা থাং
হৈজ্রাং মপ্রাম শোইন থাং
চমপ্রা মখোই লেম্ন থাং ;
নাচোম পশিং ইৎন থাং
পিথ্রাইনা য়াংশু লৈব থাং
শাম্মু ময়া খোকচং থাং।
থাংগী ময়া অদুদা
শম্নাং চদুন থম্নগা
শোরনা ফু কাম্বদা
শম্নাং চবুন তংপা থাং।

শাম্মু খোং য়েৎপা—

শাম্মুখোংদা য়েৎ,
লাঙ্গোই খোংদা পুন
ইঙাং পাক্তকনা
ইম্মু পামফেম্না
উপনা তারে উপ্না চিং
লোংনা তারে লোংনা চিং
চেপাইনা শৌ শাবদা
কুয়াং উনশা থবৎ-তৎ,

নোংয়াই শিবা মচেৎ থাক,
অয়ো নাহে চনথরে।

**নোংঙানবা—**

ইমুং শোরা তৈরক্লে,
লোক্তাক হংং তাওথ্রানা
চিঙ্গোই ও মুম্মরকলে।
রাবু ঙাল্লে উঙাল্লে,
নিংথি তুরেল খোংবান্দা
হুইথৌ লাবা খোংলকলে।
অরাং কৌক্রু চিংখোংদা
সঙাই লাবা চীফেংলে
পাখংবা গুরুং মপুংদা
লাইরেন লাবা য়াওল্লে।
চেক্লা উথুম খোমনৌবী
মপারী চৈইন থেংবনা
চেক্লনা তুম তুম য়াকৈরে।
চয়োইনা তেতু খোংলকপে
ক্বাক্বৌ লমবাও চেল্লকলে,
হুইথৌ লাবা চিফেংলে,
লাইরেল লাবা য়াওল্লে।
লৈরক কান্বা শল্লাওরে
শাবন য়াংবী শনখিল্লে

শেম্বীদগী কোনা লং,
তাঙ্গল কোনা পাজু লং।
মোম্নু কৈৰাক তাবুল লং,
অশংব হৈনা কোম্দোলং,
অঙৌবা কাম্রা কবোকং,
কাব্রং লংলম তরেং'ন।

**থোইবীনা ফি শাবা—**

কংবু তনমেৎ মেৎথোকলে
লংচাক তম্না চাকথোকলে
চরৈ পান্নয়োং হৌথরে।
নাম্ব ইয়োং শঙলেনদা
য়োংখম মাংদা থারগা
চরৈ পাম্নয়োং তিংথোকলে।
কোন্নবদি অনিনি,
অমনা থাদা পমশিল্লে
অমনা তোলদা হীপচিল্লে।
হংকৈজ কাবন ল'কশিল্লে
শুনা থরাক মরি'ন
অনিনা থক্তা পুনখৎলি
থাদা অনি থাদরে।
অরাং তোম্বী নাওংথোক
থক্তা থরো ওল্লকলে।

উশোই নময়াং অপিথক ;
খেউগী পাঙদেম চিন্দুমবী
ময়াই লাংখোং হন্দোকলে,
নাতৈ অনি হুক্তোকলে।
য়েন্দু ফৈখিন্নশিল্লে,
মনাকোং শরিক থাংজিল্লে
শেন্দাং চকরাই খোনগুম্বী।
থম লাওব, খোঙ্গেন্না
লৈকাই পাংশং হাংলবী
য়াইজনিংবী তেমখেংনি
চরৈ ফিয়াই খুদিংদা
পুক্রি জাগোব য়েকশিল্লে।
থরো থম্বাল শাৎহল্লে
ওান্নু থঙ্গোং পাইহল্লে,
অঙাংবা তময়া য়েকশিল্লে
অশংবা তময়া হাপচিল্লে।
লাইরেন্না ওাংনা খোকপনি
অঙাংবা কাইরৈ শাদা ফি
তুবী মুনা তাবনি।
অমুবা চরৈ য়েল্লৌ ফি
শাশবা ওাশবা য়েকপা ফি,
লাইমা নিংথি য়েংবদা।

**তম্পাকয়ুম হঞ্জবনা লম্মিৎ থাবা—**

(১)— য়েংঙুনে সনাহল,
থম্বাল নোংশা লৌনি
পুনেম লোকমাই অচুম্বা
খুবী পুংগী লমদমনি।
খুমুজাম্বা মতারোক
থরাকলৈ চিংজিন কৌবা লম
লবুক্কী কেঙোই মচানা
মপান ঙৌনা শারিবসে।
তমগী লৈরাং ফজবী
চিংথ্রাও কৌবী মহাকনা
লোইবী চিংমাই হেনবা লম,
সনা মিৎয়েং তাবিয়ু।

খোইবী— মাংদগী লোইবী চীংসিনা
করম্বা চীংনো অঙম্বা।

(২)— য়াওশুরাকপা খোদেম চীং
খোংজাই ঙম্বা চীংজাওনি
থংনবনা পাবোৎ চীংলেন্নি।
সনা অসে য়েংবিয়ু—
লমলেন কৈবুল লমজাওনি
অমনা তোরা চীংনিদো,

তাকয় ইথিনকোল
শেন্দ্র ইরাই কোন্নিনে সনাহল।

খোইবী— অমসিস্থ নশুদা
তাকপিয় ইপু হপ্পবা?

(৩)— লোকমাই হাগত্রা হাদ-চীং
শেল্লোই নিকত্রা নিক্ত-চীং
লোইবী ত'ওগত্রা তাওদ চীং;
উতং কাপলেন হুইথাচীং
লোইবী চীংমাই মাপন ফাংবসে
নবুধৌ থাঙ্গরাকপা মচিঙ্গোল
লমলেন থাজ চীংঙ্গাওনিদনা সনাহল।

খোইবী— মথং'সিদি অঙম্বা?

(৪,— মমাং থংবনা মুকাপনি
অয়াং থংবনা থাঙ্গ-কায়াং চীংনি।
হৈককনা শৌ শারিবা
থাংজিংনা পোমাই তুরিবা
লমগী কাঙুনা চাক্তাফম
লোইবী চীঙোই তাউথ্রানা
লেমলৈ ঙারম তাল্লিবা
চেক্লা শঙ্গু পাইথ্রিবা লমদমসে
খম্বা চেঙ্গৈ পাৎলেকোন্নিদো সনাহল

নোংবানগী পে উবদা থোইবী—

ইপাগী মনাই অঙৱবা
ইপুথোয়না লাকপদা
কুম্বী ভেরা থাগী লমদমদা
মোইরাং অঙম্বা কনানা
কেগে তোর্বুং শাদাগি
থুগা নানবী শায়োনপনি
তাবিরকপগে ইপুনা।

তম্পাকমুম হঞ্জবদা থোইবীনা মেঞ্জবা—

নোংবান মাগী মরান য়াই
র'ইথুংজয়োই হায়বগী
কবো পুংদা কুমবনি,
পামদবা মাগী মকম্রাং
য়াঙোইদোগী শরুক্তি
কবো শেম্বা মীরৈপুং
মীনাই ওইনা লৈবনা
হেন্না করে নশুদি।
তুংশবা মশুং লাংবীবু
নশু লাইবক থীবিদি
হন্দক্তি থাগী থামন য়োম্রগে,
শেম্বী পুংদা দোলাইসে
শমাই লৈবিয়ো অঙম্বা।

তম্পাকয়ুম হঞ্জবগী পাওমেন—

থাগৎলগা হয়াওবা নো'বাম্নি
অথোই নাপন চাওবনি
তিংলিগুম লৌওনসি
খরাগুম্না মীপোৎ হুরম'স।

থোইবীনা পানা তপ্‌পা—

অকুই লাদোং খাদগী
পানামনা খোঙ্গ্রা নামিবী,
ময় ইদা প্রেকপু থেক্লগা
নাতোন শারি কাবরী
কানা কাংথোল ওইহনা
মনানা মোম্পাক ওইশিল্লে।
হিদাক মনানা কাংখল শা
লোংপান্না কাংখল চৈথোক্নি
শুমুনা মাইথ খাজিল্লে
করপুরন্দি ফৈজুপ ওই
এলাইজিনা মোলাং শাদুনা
তপখরবা প'নানি।
সনা কৈথেলগী খিল্লিনি.
শুনা তপ্পী হায়দুনা
নিংথোল শুদপ কৌইদো।

খোংলেন লান হৌবা—

লাঙ্গোই কারু খোংদাংবা,
নাকথং খেনা পুম্লং লং,
শমাই শক্রুপ্প কোঙ্গোন খিন,
খুর্জী চোমলাং মানবা
ছোরি মাপন ফুম্বা শা,
অরাম্বাই তেন্দোং য়ানবা শা
লাঙ্গোই শাবোৎ শেমগ্রে।
খোংলেম্না শাফি-লানফী শেৎ,
থাংশাং নাকন য়ান্দুনা
লাঙ্গোই শয়াংমথক্তা
খোংলেন তম্না ফমখরে।
মনাই তম্বা কুম্‌থানি
খোংলেনগী অরং হুইজাও মরি
মৈগা ন'গা ককপা হুই
শরিক মঙা মঙা ওক্তা সি
হুইয়েন লানশা য়াওরকই।
নোংশা লাল্লাও লাওড়না
মোইরাং কংলা তম্মকপা
খোংলেন লাঙ্গোই শগোলদো
খুত্নংনা খুমাং লামদুনা
খুমাংনা চিন্দোন লামহুনা

কেগে খারী লমজাওদা
চেনখৎলকলে খম্বা জাকনগী।

টাগী শৈথা—

টারোন টা, হকথং টা
অরাং টাদি চিনপাকপা
খোবুম টাদি চিন্দুমবা
চকপী লাইশম য়েকপা টা,
টারেল চেৎনা পাইনরে।
হেম্প নৌদি চুমফবা
চুংদোন ঈঙেল্লে থেৎপ'নি
মবো' চু'ফু ঙক্ত হুক,
নোংয়াই নোংবান অনিমক
কৈবন তম্না চংখরে।

কৈবন চংবা—

থৌদ্র সুংজা চেকনাইবা
সুংজা কোনথিন থৌদ্র থক,
খোংনা নেৎতুনা চৎপগী
থুয়া মৌবী মমাই চাম
খা-চিক্রনা মখাংঙি।
মোংশোং নারক নম্বগী
হুমাং লৈরিক কাংগ্রিবা—

কৌরৌ মৈশা অয়াকপা
থবাক মৈশা লাংজেনে।

**কৈনা শোকপা—**

প্যাম্বনা চিঙ্গোই চন
কৈরেন্না য়াথোং লোনদুনা
কৈরেলগী কৈথ থাবনা
কেগে অথা কোংয়াম্বা
সাম্মা মাগী মপাঙ্গল
মমৈ তন্না য়াইরকলে।

**থোইবী লুহোংবা –**

নৈমরেল লাংওন চংখোনবী
পাম্থোইবি শায়োল অরেপ্পী
ফৌওইবীগী লাংওননি
ইমোম লাংলেন চরৈহন
মথক্কস্থ মচেম শাত্ত্রবী
মথাদস্থ মনাও পোমদ্রবী
মদোম পোকপী থাদোইসে
থরাইথক্তা নৈহাম্কুম,
নৈরোং লাইদা কংপগুম
থুমন নয়ান য়াইদুদা
চামনা থুজিং ওইনা
লুহোং পরৈ পুল্লেদো।

# লৈতেং শৈথারোল

অরিশুবা পন্দুপ

থুনং ঈশৈ থরা।

থোইবীবু থাজ্বনা শকপা –

লৈমরেল লা'ওল চংখোনবী
প'ম্ভোইবীগী শ ইয়োন ও
শায়া লাংওন চংখোনবী
লৈমরেল ওইবী থোইবী।
য়া'লেন লাইগা য়েংবদা
শিনৌ নোংথোং লৈমনি
তুংয়ান তাবা শম্লাংনা
চকপী উচান মনানি।
শাংদ-শাংবী লুতুং শম
শাংতক তৌবী নারুম শাই,
তেন্দ-তেনবি লুম্মাং শম
ভাউজিং হৈনমনা চুরবী
শিঙেল লৈনম্বা হারবী
ঙৌদ-ঙৌবী লাইবকনি।
ঙৌরোক ঙৌবী লাইবক্কা
কুপ্ত কুপ্পী নিংথিবী
মুস্নক মুবী শমলাংনি।

মচা অমতা তিয়দে
প্রোপ-প্রোপ তাবী শম্লাংনি
লেংদোন-লেংপাক পুমচাই-চাই
মাইথোং থাজ নিংথিবী
থাজ থাবুং ওমজবী।
পিশুম পাগোই অনিনা
নোংদোন চুমথাং মতৌনি
পাদক তৌবি মিৎচিনা
য়ারৌ শজ মিস্তানি।
য়েংথোরকপা খুদিংদা
মিৎয়েং লাঙ্গোই লাবনি।
নাতোন নাকচি অনিদা
হুমাংগী লৈরিক কাবনা
সনানা কোঙ্গোন থিনগুম্মী
লুপাগী কোঙ্গোল চাইগুম্মী।
অরাং লমগী কায়রগা
মুবা থোইদং মপান্না
তমজনবা মশক্কি।
চান্না শাৎপস্থ ককদে
পোমদ পোমস্থ নিংথিদে
পুমবুম তৌবদা লৌরবী।
চিনবান মথক মথানা

য়ারক্কী তম্নাল মাল্লিনে।
কবোদগী য়াইদাকা
শেম্বীদগী হৈবুংগা
য়াখোং মুনা শংজিল্লে। *
নিঙোল য়াতা য়েংবদা
চার ককোই য়াঙানি।
চিনবান ফিনা থুমজৈদা,
নোকওইদবোই মনিংঙি
খোইকম মোমোন নোক্লকপা
নোংদোন নোংথাং লৈমনি।
নোংথাং কাম্লল হাইগুম্মী
অমম্বদা চুমথাং থনগুম্মী
ফজৈদা মজা ইবেম্মা।
তাংথরকপা পাম্বোমনা
পাংথত লৈথ' সুংদগী
থম্বৌ কেয়া পংথকনি।
চেংদ চেংবী থুজেংনা
লেমলৈ ঙাম্না ঙমজবী
সনা থুজিনা পুমঙাং-ঙাং

---

* মমাংলৈঙদা য়া পম্বেং অনিমক হৈবুংদা নৌথোকহল্লগা য়া-হিদাক শংজুনা মুহল্লগা মাতোন লংনা তকথোক্লরগা ফজে লোনরম্মী।

খুৎতা থঙাল মাল্লবী
থ'ওদন মানবী ভথোংগী
চায়না পুমথোৎ খোৎথ্রবী
অগ্নি * মানবী পুনবুমবী
ভাংনাইদবী খুত্তানি।
খ্বাং চরৈ ফী থোংকম
খোংনাং অশি খোইগুবী,
খুবাম চেংলৈ য়েংবদা
লফু লেমত্রা গুমজবী।
খুউ কাজোই অনিনা
পুন্নিবগী শিনদম শং
পুন্নাবগী শিনশু কাং
কাংলেন ক ংগোই মঙংনি।
খুথোম তোংদম য়েংবদা
মকা হাওব থেম্দগী—
চোম চংবী লায়োনথোক
খো'না খুরুম খো'দানি।
খুনিংনা ঙাত্তেন চিনদানি
খুয়া য়াইঙং মচুনি,
নিঙোয়া কাইদ চৎলকপা
ফকৈদকো সনাহল।

* মৈহাও অগ্নিগুম পুম্বমনৈ হায়বনি।

খোইবীবা খবগী মপাও ভাইবগী শৈশারোলঃ—

কৌক্র নোংজি কৌমুপোং,
অৱাং কৌক্র নোংজেন নোংবি,
হুইকপ লোইশাং নোংনি,
কবুই লোইশাং নোংনি,
কবো ভগুণ ভরেং নোংচুনা,
নোংনা কেনজুনৰ নম্বুল তুরেল শিবোং থৈ,
মাহল লোকচাও নোংদারে ;
ইম্ফাল তুরেল চাওরে,
থৌবাল তুরেল তাউরক্লে,
ঈরিল তুরেল পারক্লে,
নম্বুল তুরেন ঈচাওরে,
চকপীদা চাওবা ঈ'শংনা,
লাইজা কৈনা থিংচুনা,
থেংগাক নাপোম অমুবা,
লাইবা ওয়ংনা চেনক্লে।
লোক্তাক ইশা মাপনমক লাইজ ঈথক কা'বকলে
তুরেল মাংমা নোংশোরে,
নোংমাইজিং ফিরুক শুমকলে।
অৱাং কৌক্রুদা নোংগরে
কুমগী নোংনা নোংখোং হুইনা চুবগ

লাইজ ঈ'শং থকউ হায়রদুনা
চেক্লা নোংদম্নমত্রবোই।
লাইজ পানা চাওথবু,
খোবুম থম্না উম্মু হায়না
পোমবি নোংখাইরমত্রে।
কোরৌ থক্তা য়েংখৎলি
হন্দক মংলিবা নোংসিনদি,
চেক্লা ইপুক থল্লগ'ন।
চেক্লা মশা ইতাম তাম
পোমবি মতক ইচোই চোই,
চিংসুং চাদি নোঙ্গৌবি,
নোঙ্গৌবি কৌবি চেক্লানা,
উপাগী কৈনা থক্তা,
চেক্লা কৈনা কাইদোংলে।
খেংথবা নো'ঙাল্লমদাই-দা কোরৌ নৌ'দোনগীদি,
লাইজ লিক্লা তাইবঙ্গব,
চেক্লা ওইবা কনানো,
লাংলেন মচা খোইবিনি।
লাইজ ওইবা কনানো
নোংমাই মচ থম্বি,
চেক্লা ওইবা খোইবিনা
থম্না মপাওবু তাইবক্লি।

## খোইবীনা খবদা লক্কবগী শৈথারোল :—

মোইরাং খোইমু তারোনে ইবুঙো
থুড়াই খোইমু থরাংনৌবা,
য়াংবৈ খোইমু থাংজেংবা,
রাব লে কী খোইমু
ঔরাচিংগী লৈপাকবা
রারোইচিংগী খোইরাব
সুমিদাংরাইরম কান্দা
সুমিৎনা চিংয়া থাংবকান
চিংয়া খেঙ্গোং লাংবা কান
তমরানা কোরি চেনবা কান্দা
খোইমুনা শগল মরি তিংদুনা
শিতেল হোকম থিরগে
লৈরাংগী শাৎকম মেংলুগে হায়দুনা
নোংখোং কোইনা পাইরকপদা
নিঙোল লাইবক থিবীনা
কাঞং থৌরী থুংতা পাইরগা
খোইমুগী মথক্রাং অচেংবদা পুরগা
তেমা থাগে ইনিংতম
লাংনা থাগে ইথা তমবা
য়াবা খোক্রুমবদি নিঙোল ওইবী অসুক রারোইদবনি
হো মোইরাংগী খোইমু হক্লোনে ইবুঙো।

## থম্বনা খুম্বগী শৈথারোল :—

হা থমবাল মানবী ভাম্নোনে ইবেম্মা।
হো ইবেম্মা মম্বিং পে·ইরে ফেনবুম্নো,
থেম্বদাকী লমম্পুংশি.
লোইবী হাওম্নৌ তমম্নাদা
মম্বিং তোমবা হাওবনা
মোম্নেল খুত্তা পাম্নছুনা
ফুংগা ম্নোৎকা কেৎনম্নে
থাবৰী মৈনা ম্নাইদা থোং.
ইকুম কাখোম্নছুনা
লমজাও থাবৰী মৈথাবে,
থাবৰী মৈনা চাকপদি
কোম্নৌ নোংমদোন থক্তগী
নোংদোন লাইজ লিক্ক. তাম্নগা
থামবৌদি মৈবু মুৎলিনে,
পাখংগী খম্নোই লকাফুংদা
নিঙোন ফুংশি মৈনা চাকপদি
লাইজ লিক্কা তাম্নগা
মুৎপদি হাম্নক্লপনো থমবাল·ও।

# অহুমশুবা পন্দুপ

## লৈ খরগী শৈথারোল

### উরিরৈগী শৈথারোল

উরিপোক খোংয়াল মাকি লুপোংপাল,
খোংপাক নুরাবী পাখং চুইয়া চেংগারম
লমলেন কেংয়াং রাবুরগ।
উরিশোক থম্নাংবা মশাইকোন্দা
ওংবা লৈ,
পামেল উখোং খাদা হৌরগা
উত্তোন লোম্না শাৎপা লৈ,
পামেন রাখোং খাদা হৌরগা
রাতোন পোম্না শাৎপা লৈ,
লৈরাং মচু তাবনা
লৈমতাক রাঙরি মানবা লৈ,
লৈরাং লৈনা তাবনা
তাউবা চুইরৈ মানবা লৈ,
শিঙেপ মানা পোম্লইৈ
শেনগাও শরিক মানবা লৈ,
লৈরাং মানা শাৎলপা
নুরা নহা লুকুলগী গাইত্রি মানবা লৈ,

শিজেল কোলোয় মামংদি
নাবা উরিবৈ কৌবী লৈরাংনদে।

## নাগেশ্বরগী শৈথারোল :—

লাপ লুখোং চাও,
থোংজ ও লাইরুকলেমম'ব মশুমাং
লিন্থু য়াংতেকচিং খৌবুগ খোনাইলোক.
খুড়াই হাওবাল লমাংদো·
বিষ্ণুপুর মপুং মাইদা
হৌবা লৈ
শিজেল মানা শাংপদি
পাখেন উজাও তমবা লৈ,
লৈরাং লৈনা লাবনা
তাউবা হুইরৈ মানবা লৈ.
লৈরং মানা পোম্রিতৈ
লুপাগী খুজুপ মানবা লৈ,
শিজেল লৈচু হায়রগা
অতোবা লুপানা পাথাপ চনব লৈ,
শিজেলগী লৈরিক তাবনা
মগী বিজুর মানবা লৈ,
শিজেল কোলোই মথিংদি
লৈরাং নাগেশ্বর কৌইদো।

## লৈরেং শৈথারোল

**থবানগী শৈথারোল :—**

লৈতান মুখোইকোন,
লালোইশা ওবীশেন,
শিগোং লাল্লুথপাং শিঙেল তবংলী,
পকমমাই লম্মক-.
চিথী লোকলৌকোন ক জোল লোংদমথী,
হুমলৌপাং কাইরেনথোক লমলেন
ইম্মাঙ্গংদা শাংপা লৈ;
নোংজ্রেন তুথী কোইথোরা
মনানা নামলো শা চাবৈ
মহৈনা তাওজিং হৈ ওইবৈ,
লৈরাং মউ তাবনা
শাইব লোংজ্রেন মাল্লিদো,
লৈরাং লৈ-না তাবনা
চংবি লাকোই মানবা লৈ,
শিঙেল মানা পোমলিবৈ
কাত্রংগী মকি লঙ্গম মঙনি।
লৈরাং লৈচু থায়রপা
লুপানা পাথাপ চনবা লৈ,
লৈরাং লৈরিক তাবনা
নিতোলগী শাইনোন মানবা লৈ,
লাইজ ইপান থক্তা

শিঙেল মনিং ঙম্বা শাংপা 'ল.
খা.ক লমদম চাঙব লৈ,
থক্কৌ লমদম ডেনবা লৈ,
শিঙেল কোলোম মমিংদি
ইঙা লৈরাংলেন
থমবাল কৌগ লৈরাংনি।

কেতুকীগী শৈথারোল ঃ—

পাখংনা শোবি থাংলেন পাইদুনা
নারা মপুং ফানবা
লৈরাংগী কোলোম শেম্নবা
ফুমু লৈকন তৌ,
মালেম ইথিন তোই,
কোরৌ খিকলেন চাই.
শিঙেল মারু চাঙনবা হোৎনবা লৈ।
শিঙেল লৈপাল ফারে,
লৈরাং মউ চাঙরে.
লৈরাং মউ তাবনা
কোঙয়াং চৈশু মানবা লৈ,
লৈরাং লৈনা তাবনা
পাংগী হোরাই মানবা লৈ,
শিঙেল লৈচু হায়রগা
লৈরাং নাপু মশা ল্ল,

লৈউগী পাংগুনবেন মতংদি।
লৈরাং নবা কোলোর মথিংদি
শিরেন কেতুকী কৌইদে।

চিংলোংলৈ শৈথারোল :—

কবো তাংলৈচিং অরুং মেঙ্গেচিং,
শিংগোং মপুং য়াইফা ওংবা লৈ,
লৈরাং মউ তাবনা
শাইবা লীকং মানব লৈ,
লৈরাং লৈনা তাবনা
চাংথরং মওং হ্লাবা লৈ,
লৈরাংগী লৈচু ওয়রগা
ময়াগা মচু মানবা লৈ,
লৈরাং কোলোই মথিংদি
শিরেন চিংলোংলৈ লৈরাংনি।

থরোগী শৈথারোল :—

ইশোক লাংয়াথেন
শিরু লৈমা মশাইকোন
লমলেন খোয়ী কাবা মচিংজেন,
লমলেন য়া উত্রাপাংতা শাংপা লৈ।
থুম্বোলদা লৈমরু হনবা,
লৈকংলোন মাপনলোন্দ কাওবা লৈ।
লাইব ইযোনচুংদা পোয়না

ইপাল লাংদা শাংপা লৈ।
লৈরাং লৈনা তাবনা-
ক'ওরৈন শনিখোং-মানবা লৈচ
লৈরাং মউ তাবনা।
লাংগোল য়'ইরি মওংনি।
লৈরাং লৈছু হায়বগা।
স্নাগীং হিংগন মচুনি
লৈরাং ফুগাইনা শাংলগা
লুপাই পথাপ মানবা লৈ।
লৈরাং লৈরিক তাবনা
স্না চোমং থানবা লৈ,
থাজনা নোংপোক হেনবগা
লৈরাং মানা শাংপা লৈ,
শিঙেল কৌদোই মিংথৈনি
থরো কৌবী লৈরাংনি।

থাগী লৈহাও শৈথারোল :—

পোংনিংথো খিকখোম্বা
মৈতৈ নিংথো ক্যাম্বা
নিংথৌ অনি য়াপক লৈ,
কাথা মপুং য়াইদা ওবা লৈ,
মৈতৈ পোইরৈ অমদা শাংপা লৈ,
লৈরাং মউ তাবনা।

ভূবী লাইরোল মওংনি,
চয়াই চমফেল মতৌনি
লৈরাং পুন্নুবদা
নিঙোলগী মকী লংজুম মমাল্লি,
লৈরাংনা ফুগাইনা শাংলগী
লুপাগী পথাপ মওংনি
শিংজেল কোলৌয় মিংথোকদি
খাগী লৈলাও কোইদো।

তখেলৈ শৈথারোল ঃ—

তখেল পুংগাও চাং
আগোরতলা মপুং য়াইদা ওংবা লৈ,
লোইবনাই চিংথং থোক্লবা
দোলাই থক্তা পুরকপা লৈ
মৈতৈ পোইরৈ য়োবদা
খুড়ই হাওবা লমাংদোং
বিষ্ণুপুর লৈময়োন য়োরকপা লৈ.
লৈরাং লৈমাংদা
থোংজু য়াইরোকপম মওমাং
লৈরাং কোজোম তৌবা লৈ,
খুম লৈকন তো;
মালেম থেময়না,
কাইজ থিরুলেনু চাইহনা
লৈরাং মাবু থাবা লৈ,

ষষ্ঠ ভাবনা
খেঙ্গলোই চৈবুন মানবা লৈ,
লৈরাং লৈনা ভাবনা
থাজা নোংদোন মানবা,
অমুক পাজল কনবা লৈ,
সুংথেন পাজল শোনবা,
লৈরাং ফুগাইনা শাংলপা
মুপা পাথাপ মানবা লৈ,
লৈরাং লৈরিক ভাবনা
সা শিংখিৎ মানবা লৈ,
লৈরাং কোনোই মথিংদি
নাজা অবেৎন কোইদো।

**কোম্বীরৈগী শৈথারোল ঃ—**

শজিবু লাকয়েল-ভাইবদা
কোংবা লৈথোং কাৎপদা
লৈরাং মানা শাৎপা লৈ,
লৈরাং ষষ্ঠ ভাবনা
কবো লৈক্লোং মানবা লৈ,
লৈরাংগী লৈমুনা
খোংদোন শংলেন মানবা লৈ,
শিংথেপ কোনোম মরিংদি
কোম্বীরৈ কৌবা লৈরাঙ্গনি।

লৈপাকলৈগী শৈথারোল—

ইঙা কুমদমলে, ইঙেল কুমথাইরে,
হানৌ লক্তা ঙানবা লৈ,
লৈরাং মমাবু মচানা
হাম্না ফাওবা লৈ,
লৈরাং কোলোই মমিংদি
লৈরাং লৈপাকলে কৌইদো।

উথম্বালগী শৈথারোল—

মরিং খুম্বীলোক
মাইবা থরাইলোক্তা শাৎপা লৈ,
শরী নামুং শোম্না রাশরুবা লৈ,
পামেল উজাও শকপা লৈ,
লৈরাং কোলোই মমিংদি
উ-থম্বাল হায়না কৌইদো।

স্নারৈগী শৈথারোল—

মরিঙ্গী পাম্বোংদা হৌবা লৈ,
পাম্বোং ঙাইবা হেম্নরৈ,
লৈরাং লৈয়ু তাবনা
কাইরৈ য়েনখোং মানবা লৈ,
লৈরাং মনা তাবনা
চামলৌ চাংথরং মমাল্লি;
লৈরাং মানা পোমলিঙৈ,

শিলান তোয়না হাল্লগা
শিলান মপুং ফাত্রিবৈ
মকি লাংথুম মানবা লৈ
লৈরাং মানা শাংলগা,
লৈরাংগী লৈতো য়েংবদি
উরা নহা পাখংবী
পুরুং চরৈ নিংখিবা
খেরো চরৈ মানবা লৈ।
লৈরাংগী লৈচু হায়রগা
স্নাগী হিংগুন মানবা লৈ,
লৈরাংগী কোলোই মথিংদা
মোইরাংগী অথম তোমুনা
শিঙেল নাপ্পদা খেংলগা
মিশিগী সুমবল মাইশাকপী
শুমমাইথক্তা মেংলগা
উথাউ শুক্তি মাখিবী
খুরক য়াইদা চনখিরলে,
হুরাগী য়াংলেয়া পোলহাইদা মুজা খিকলেন হুই-
থাপ্পা
হনুমগী কোলোই শোনবদা
লৈরাং মাবু য়াওবা লৈ,
শিঙেল ও-নিংথিবী,

নুরাগী চরৈ ফিনুংদা
মুমিৎ শিংবুম অরেৎনি থমদা
লৈরাং থুইরুম চম্বা লৈ
শিঙেল মরাক চামহবা লৈ,
নুরা অথম তোনুবা
শিঙেলবু পোটৈ হায়রবদৈ
শিঙেল কোলোই ময়িং
ঙাটৈ হায়না কৌইদো।

খুজং-লৈ শৈথারোল—

পোইটৈ নিংথৌ অদোনবা
শানৌ মিৎয়েং ঙাঙী
খোমলেন মাংদা ফাওবা লৈ।
অমম থরৈ লোক্তা ওংবা লৈ।
বেঙ্গী মুগী কিহোলি-
শেক্তাই নুগী পোংমিটৈ
ইমুংবা ভেক ভেক থাংয়ান লৈ,
মুম্ব খুজিন অরামক
ইঙাং ঙাংনা চুবা লৈ।
লৈরাং মানা শাৎপদি
লাংরুন থাদা শাংপা লৈ,
শিঙেল মাগী মঙ্গিংদি
কাইনা খুজং লৈ কৌইদো।

ক্বাকলৈ শৈথারোল—

ক্বাক, মকু, শেম্বাং, উরোক
উচেক মরিনা পিবা ফমগী য়াথোকচৈ
গুরুগী খুয়াথা য়োনখি,
গুরুনা পাওহংবিরকখি,
চেক্লা মরি য়াকৎচৈ,
পিবা ফমগী য়াহৌনি,
গুরুনা য়ায়েল্লে—
উরোক নংনা করি চেক্লানো ?
ত্রেতা যুগকী চেক্লানি,
রাম সীতাগী উপাই ওইজে
পিবা ফমবু পিনৌদো,
মহু য়াদে তাকপিরে।
ক্বাক নংদি করি যুগতা পোকপনো ?
পাণ্ডবগী কুরু লান য়াওজদো
ঈশা তোংশা চাজদো,
ক্বাক নংনা ইমাংদা
ঈ পম্না য়াহৈনৈ
পিবা ফম্বু য়াদেনে রাকোংঙু,
ক্বাকনা খুম্মী, ননাইনা করি কোঙনি,
ক্বাকী তোকলেন ফোইনা রাকোংলে,
শয়ী তেঙ্গা থক্তা থারে অতিয়া গুরুনা

যম পিবিরে হয়েং কলিদা নিংথৌ পালিগা
অঙম্বা শলাইদা থেইনগা
শলাই মতেং পাংনয়ো,
যর চৈরোইননা, থারম্বা লৈ,
শিঙেল কোলোই মখিংদি
ক্যাকলৈ হায়না কৌইদো।

চিংথ্রাও শৈথারোল—

অরাং কৌক্র লোকচিনকোন
হেমথনবু লাম্লুম্খুন
তুইরৈ ঙাংবী চিংঙ্গুংকোক খোংনেৎনা
থোয়্‌হু নাম্নবা খুদাম্না পানবা লৈরাংনি,
ময়োনিদা লোনৈম্রেবা মখুম্নিদা থুম্রেবা
হাওবা খোংজাই নিংথিবা
তোলোং খোম্বা কোবনা
মখুত্তা শিংজং পাইহুনা
উরাইনা হংজ্রে চনবদা
পামেলনা শিংজা লাংবদা
লৈরাং যাবু য়াওবা লৈ।
লৈরাং লৈউ তাবনা
পামেল উজাও মানবা লৈ,
লৈরাং মানা শাংলগা
অঙাংবা ঙাংজ্রৈ ময়ক্কা

জুপাগী পাথাপ য়েবা লৈ,
লৈরাংগী লৈচু য়েংলগা
হিংডোল চুদা তাবা লৈ,
শিংডেলগী কোলোই মমিংনা
চৌংদগীসু তম্মাই লো,
হাওদগীসু তম্মাই লো,
চৌংগ হাওগা লোয়্নুনা
চিংথ্রাও হায়না কৌবা লৈনিদো।

নোংবান্না লাংবা লৈগী শৈথারোল—

লোইবী চৌংয়া পামশরে
সত্থ য়াংগেন তেকচাক লৈ,
কোলোই লোইবী মুংগারে
লৈরাং নোংবান কোংয়াল্লে কৌইনে ইনিংথৌ

থম্বনা লাংবা লৈগী শৈথারোল—

লৈমাবা, মমাংঙৈদা গুক্না
শনয়োং মানবী ওইদুনা তাওথরকই
লেম্না মাংবা য়াদবনা
অশংবা মনা-মশিংনা ফোইদুনা
গুক্ন থক্তা কুপ্লদে
শিংডেল শংকুপলৈ কৌই ইনিংথৌ।

থোঙ্গুল মেলৈগী শৈথারোল—

মরিং মুবা চিংগারম

হাওবা লাইর পোথাচিং,
লৈম শুমু লেম্মীগা
চোখে খাংমাই পাখংবগা
ভরা য়াঙ্লৌচিংনি,
লোইবী অরাংবা পাখী
শয়ী তেঙ্গায়ক্তা ওংবী লৈ,
লৈরাং মউ ভ্রবনা
নিঙোল খুযোম মমাল্লি,
শিঙেল মানা পোমলিডৈ
শমুগী খুনিংথৌ মানবা লৈ,
লৈরাং লৈকা ফম্না শাংলগা
কাওরেল নাপ্লমুং মানবা লৈ।
পামেল অরাংবদা লৈরাং,
লৈরাং লৈনা লানা তাই,
মেলৈ লৈম্না কৌই চুম্না তাই,
মুংজুমবান মেলৈ লৈম্না মুংজুম্বান
কাদাম্বা সেরা লৈমুংশি
নারা খোঙ্গুল মেলৈ কৌইদো ইনিংথৌ।

লশিংগী শৈথারোল—

লোইবী চীংশা নাপোম লৈ,
থৌদু মুঙ্গাই হেমরৈ,।
লোকচপ লোকমাই থুদিংদা

শিঙেল মানা ঙাম্বৈ।
নোংমাই হাওবা খুৎশেম্বলে
মরিংগী পামলোৗ হেম্বৈ,
মালং তাম্বা য়াওদনা,
তাইবং খোঙেল অবদা
শিঙেল মদোম হাইবলে।
মৈতৈ তম্পাক য়াওংবী
নিংঙোল শিম্বা শিজম লৈ.
তরেং কাইবু লোয়েংনা,
মাঙা মপাও ঙাইনবৈ
খংলেন রাশক ঙাক্রৈ।
তাইবং পুক্রিং তিম্বদে
মোনু রাখল মামদে,
লৈরাং নংনা থংলনা
শিঙেল নংনা উবনা
ঙাংঙু, ঙাংবা লৈহুংশি,
শংঙু শংবী শিঙেল-ও।
তাইবং পুক্রিং তুং ইম্বা,
অপাম্বা মচুবু শংলগা,
লমজাই হেন্নং পুম্বৈ,
পুন্সিগী লোইন লৈপুন লৈ।
তাইবংগী পুন্সি খোংথাংদা,

শিঙেল নংগা কাইনবা,
লৈরাং নংনা শেৎনবা
ওমজদবী লৈরাংলেন।
তোর্ব্বান চাংজো মপাঙ্গা
পুন্সিপী শম্বুক মচুংদা
শাংন' য়াতা তম্বদা
শিঙেল মরুপ ওইনলৈ।
তাইবং পুন্সি চুশাং শিং,
মোম্নুগী খোংচৎ লমশাং শিং,
অমং য়াথোং কুমত্রি ফাও
পুন্সি লোইন ওইনলৈ।
হাদ লৈরাং লৈনুংশি,
লশিং কোবী শকহেনবী
করম্বা মপুনা শেম্লম্বা
কল্লকইদকো লৈনুংশি।

লৈরাং লিচৎ শৈথারো—

খোংনম্বী কুণ্ডাম্লে পাঙ্গনবী লৈপাকলৈ।
উত্তাংবী য়েরুম্লে মাইথকপী চিগোংলৈ
লোথিবী কুম্নুম্লে কোচি থাংবী চিনিচম্পা।
ইপাই চাওবী শিঙ্গারৈ নৌজবী মালিকা॥
পেরাওনবী যুবকুসুম খোইচৎনবী মোদোলৈ।
মাইকনবী পেক্রক্লে অওলহৈবী হুমিংলৈ॥
মোহ্লাইনবী নাগেশ্বর পেঙ্ৎনপী হুঙ্গারৈ।
নাপম্নবী লৈহাও ইথক কাবী কাক্লে॥
পুন্যচেনবী অপ্রাজিতা হাদবী জুথী।
চাং নাইবী বকুল কারাম্বী চাওবী মধুমতি॥

লোৎকনবী কেতুকী ইকাইথিবী মাধবী।
তাংজবী উরিরৈ নাঙ্গনবী কুন্দালৈ অঙাংবী॥
মোঙ্গম্বী তথেল্লৈ উইন কনবী স্নারৈ।
তনৌবী থাবল্লৈ লাইবক থিবী উতোংলৈ॥
লিন্দাওবী ইঙেল্লৈ লৈরাং রাণী গুলাপলৈ।
বৈষ্ণবী লৈকং থরো লমঙাম্বী বাঝাইলৈ॥
হুৎ লাওবী মুকাকলৈ পংতৎপী খুজংলৈ।
শয়োম শাৎপী থোঙ্গু লমেল্লৈ খুৎলিংবী কুজ্জলৈ॥
ইন্দ্রি শেংবী ফবিরৈ নারাংবী মটোকলৈ।
পুক্নোবী চন্দ্রমুখী পম্মোই কনবী খাগী লৈহাও
নিংঙাইথিবী জাতি লৈহৌকবী পারিজাৎ ও।
হরাওজদবা হাওরৈ পেজদবা চিংথুাও॥

হৈরাংশিংগী লিচৎ শৈথারোল—

মন্নাইফবী হৈ-য়াই মরি চৎপা হৈরি।
শোন্নবী শোলোম চিংখোং তাবী হৈরিং॥
মরিল খাবী হৈথা মনিংবু তৌবী হৈনিং।
মনাচাবী মোজামহৈ পুক্নোবী মালহৈ॥
শাজাওবী হৈরী হৈজাও, তাঙজবী চম্প্রা।
মনম নাইবী হৈজাং হাওজদ কাঙ্গ্রৌ॥
হৈগনবী থৈবোং মরৌবু চাওবী হৈনৌ।
শানানবী হৈরাঙ্গোই তুনানবী চুহ্রু॥
নোক্নবী কফোই শক্নবী হৈথুম।
শিদ হিদাক হৈমাং নাদ-য়াইদি হৈগ্রু॥
মংদাইনবী মঙ্গে লংদাইনবী হৈবোং।
মিৎলাওবী কিহোম অম্বোলগী চোরফোল॥
তিনজোবী অরাথবী নপনচোবী য়ুবী।
রায়েলবী হৈয়েল খুৎকনবী হৈনৌজোম॥

লোইরবা।

শিঙেল নংগা কাইনবা,
লৈরাং নংন্না শেংনবা
ওমজদবী লৈরাংলেম।
তোর্বান চাংজো মপান্দা
পুক্সিপী শম্লুক মলুংদা
শাংন' খাঙা তম্বদা
শিঙেল মরুপ ওইনলৈ।
তাইবং পুক্সি তুশাং শিং,
মোয়ুমী খোংচৎ লমশাং শিং,
অমং মাখোং কুমজ্রি ফাও
পুক্সি লোইন ওইনলৈ।
হাদ লৈরাং লৈম্নুংশি,
লশিং কোৎনা শকহেনবী
কঁরখা মপুন। শেয়ম্বা
কল্লকইদকো। লৈম্নুংশি।

লৈরাং লিচৎ শৈথারো—

খোংমম্বী কুশাইমে পাজনবী লৈপাকলৈ।
উত্তাংবী য়েরুমে মাইথকপী চিগোংলৈ
লৌথিবী কুম্নমে কোচি থাংবী চিলিচম্পা।
ইপাই চাওবী শিঙ্গাইমে নৌজবী মালিকা॥
শেরাওনবী যুথকুম্নম খোইচৎনবী মোদোলৈ।
মাইকনবী শেক্রমে অওলহৈবী নুমিৎলৈ॥
মোহ্লাইনবী নাগেশ্বর শেঙংনপী মুজারৈ।
নাপমবী লৈহাও ইথক কাখী কামে॥
পুম্নচেনবী অপ্রাজিতা হাদবী জুথী।
চাং নাইবী বকুল কারাখী চাওবী মধুমতি॥

লোৎকনবী কেতুকী ইকাইথিবী মাধবী।
তাংজবী উরিরৈ নাঙনবী কুন্দালৈ অঙাংবী॥
মোঙম্বী ভখেল্লে উইন কনবী স্নারৈ।
ভনৌবী থাবল্লে লাইবক থিবী উভোংলৈ॥
লিন্দাওবী ইঙেল্লে লৈরাং রাণী গুলাপলৈ।
বৈষ্ণবী লৈকং থরো লমগাম্বী বাঝাইলৈ॥
হুৎ লাওবী মুকাকলৈ পংতংপী থুজংলৈ।
শয়োম শাংপী খোঙ্লমেল্লে থুংলিংবী কুঞ্জলৈ॥
ইন্দ্রি শেংবী কবিরৈ নারাংবী মটোকলৈ।
পুক্নোবী চন্দ্রমুখী পম্মোই কনবী থাগী লৈহাও
নিংঙাইথিবী জাতি লৈহৌকবী পারিজাৎ ও।
হরাওজদবা হাওরৈ পেজদবা চিংথ্রাও॥

হৈরাংশিংগী লিচৎ শৈথারোল—

মরাইফবী হৈ-য়াই মরি চৎপা হৈরি।
শোক্নবী শোলোম চিংখোং তাবী হৈরিং॥
মরিল খাবী হৈথা মনিংবু তৌবী হৈনিং।
মনাচাবী মোজামহৈ পুক্নোবী মালহৈ॥
শাজাওবী হৈরী-হৈজাও; তাঙজবী চম্প্রা।
মনম নাইবী হৈজাং হাওজদ কাম্ব্রো॥
থৈগনবী থৈবোং মরোবু চাওবী হৈনৌ।
শানানবী হৈরাঙ্গোই তুনানবী চুম্ব্রে॥
[illegible] [illegible]ফাই শক্নবী হৈথুম।
[illegible] [illegible]নাদ-যাইদি হৈগ্র॥
মংদাইনবী মঙ্গে [illegible]নবী হৈবোং।
মিং[illegible] [illegible]হোম অ[illegible]লগী চোরফোল॥
[illegible]নচোবী [illegible] [illegible]নচোবী য়ুবী।
রায়েলবী হৈয়েল [illegible]কনবী হৈনৌজোম॥
[illegible]ইরব।



## কোংলকদবা

১ । শ্রীমদ্ভাগবত শৈরেং।

(১ম স্কন্দগী দশম ১০ম স্কন্ধ কাওবা)

২ । মীতৈ (মৈতৈ)।

(মণিপুরগী শক্তাক লাইরিক)।

৩ । মালেম অঙাংগী সাহিত্য।

৪ । রাজস্থানগী অকনবশিং।

৫ । পৌরানিক মাচোম।

(অনিশুবা শরুক)

৬ । উধমসিং।

## লাইরিকসি নম্বদা তেংবাবীরকপশিং—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ । | এন কে, সনাজাওবা সিংহ (শিংজমৈ রাংবা) | রুপা | ৫০.০০ |
| ২ । | এম, মেগচন্দ্র (এম, পি, এস, সি) | ,, | ৫০.০০ |
| ৩ । | টিএচ, প্রফুল্লো (চৌংথামথক) | ,, | ৫০.০০ |
| ৪ । | ই, নিলকান্ত (ডিরেক্টর আর্ট এণ্ড কলচরেল) | ,, | ২০.০০ |
| ৫ । | ডব্লিউ, তোমচৌ (পি, টি, জি, কলেজ) | ,, | ৪০.০০ |